# ব্রহ্মচর্য




লেখকঃ

শ্রীমুয়াম মাইবা সিংহ

কোঞ্জেং লৈকাই.

ইম্ফাল




মমল মূঃ ৫.০০

# ব্রহ্মচর্য

ব্রহ্মচর্য হ যবা অসিগী অর্থদি বীর্যবু ঙাক শেনদুনা যোকখৎপা মাংহন্দবা হায়বনি। বীর্য চাওখৎনবা যোকখৎপা, অরেম্বদা মাংহনদবা হায়বা অসি ব্রহ্মচর্য অমগী তেংফম লোকপা থৌদাং অমনি। জগৎ সংসার অসিদা খ্বাই পুম্নমক্তগী মমল যাম্বা লল্দি বীর্যনি। জগৎতা লৈরিবা মী পুম্নমক্তা অঙাং নবা এইবিংদগী হৌনা বীর্যবু অরেম্বদা মাংহনদনা যোকখৎপনা আশাংবগী লমচৎনি। বীর্যগী মমল নাইদে, লন পুম্নমক্কী খ্বাইদগী মমল যাম্বা লল্দি বীর্যনি। ব্রহ্মচর্য পালন তৌবা মাদ লাইগী মশাক্ত, ঈশ্বরগী শক্তি পুম্নমক চোল্ল হায়নি। জগৎ সংসারদা লৈরিবা মপুং ফাবা বিভুতি পুম্নমক ব্রহ্মচর্যদগী ফংবা ঙমই। ব্রহ্মচর্যগী পুন্সিদ লাইগী পুন্সিনি, অনাবা পুম্নমক চংলকপা ঙমদে পুন্সিচুপ্পা নাদ-য়েক্তনা লৈহনবা ঙমই। হকচাংদা শান্তি, পাঙ্গল, ওজ, তেজ বুদ্ধি লৌশিং পুম্নমক অঙকপা ফংনা হেনগৎহল্লি। জগৎ সংসারদা কনাগুম্বা মী অমত্তনা তৌবা ঙমদবা থবক অত্তু ব্রহ্মচর্য অমনা পাংথোকপা লাইনা ঙমই। ব্রহ্মচর্যনা মরম ওইদুনা হকচাংদা অরোই অথম লৈতবা উৎসাহ পোকহল্লি, খ্বাই পুম্নমক্কী লুবা থবকসু ব্রহ্মচর্যনা লাইনা পাংবা ঙমই। ব্রহ্মচার্যগী মগুণদি শিংথাদুনা লোইবা ঙম্বা থক নত্তে। ব্রহ্মচর্যগী মহিমাদি অঙকপগী মশক্তি ব্রহ্মচর্যদগী ভগবান ফাংবা ফংবা ঙমই।

তাইব' মীওইবা ঐখোইনা চারিবা থকলিবা চিঙ্গাক পুম্নমক্কী থ্বাইদগী মরুওইবা মবমদি বীর্য ফংনবগী দমক্তনি। চিঙ্গাক পুম্নমক্কী ফংলকপা মমল নাইদবা ললদি বীর্যনি। হকচাংগী মচি ওইবা শরুক্তনা শেমগৎলকপা বীর্যনি, অসিগুম্বা মচি ওইবা বীর্যবু মাংহনলবদি ল'ইনা অযাম্বা লাইনা চংলকপা ঙমই। শিবা ফাওবা থে বহনবা ঙমই। মরম পুম্নমক অসিনা ঐখোযনা বীর্যবু ঙাক শেন্দুনা যোকখৎপা, ঙাক শেনবা তৌফম থোকই। মসিনা মীওইববু লাই ওইহল্লে।

সুশ্রুতাচার্যনা অসুম্না ইবমই :— মহুদি বীর্যদগী পুক্নিং তপ্পা থৌনা ফবা, আকবা লৈতবা, হকচাংদা পাঙ্গল, ফজবা, থৌনা ফবা, উৎসাহ অমসুং নুংঙাইবা খিবিক্না লৈতেহল্লি। হৌজিক্কী মতমদা পাংদবা, বিগনবা, মাইথোংদা মঙাল মশা লৈতবা, বুদ্ধি লৌশিং শোইবোম্বা, ইচং থৌদবা পুম্নমক •হাবোলশিংদা থোকইবা অসিগী মরু ওইবা মরমদি বীর্যবু মাংহনবদগী থোকপনি, বীর্য যোকখৎলবদি অসগুম্বা অসি থক থোক্লরোই।

ঐখোযনা ৱাখল যাম্না খন্নবা ফৈ মহুদি ঐখোইগী ইপা ইপুশিংনা কমদৌনা ব্রহ্মচারী ওইদুনা তেজস্বী, মেধবী, ওজস্বী, শুরবীর অমসুং মহাত্মা ওইবমইবনো ?

মখোইগী মনিং মথা তম্বা, মখোইগী বুদ্ধি লৌশিং ফবা, পাঙ্গল কনবা পুম্নমক অসিগী বিষযদা ৱাংল খন্নবা দরকার ওই। ঐখোইনা কমদৌনা লৈখাতাবা, পাঙ্গল শোনবা, মাইথোংদা মঙালমশা লৈতবা, পাংদবা, মীনাই ওইবা, পুন্সিদবা পুম্নমক অসি থোকইবানো ? পুম্নমক

অসিগী মরমদি ঐখোইনা বীর্য মাংহনবা, ব্রহ্মচর্য পালন তৌদবা অসিনচিংবদগী থোকপনি। ব্রহ্মচর্য চত্রবদি কনাগুম্বা অমত্তনা খ্বাইদগী ৱাংবা পদ অমত্তা ফংবা ঙমবোই। কবিগুম্বদা পদ অমা ফংলবদি মতুংবুস্তু নিংথিনা ঙাক শেনবা থক ঙমগোই। অঙাং ওইরিবৈংদা ব্রহ্মচর্য পালন তৌরকলবদি অহল ওইরবা ফাওবা পাঙ্গল, থৌনা যনা লৈবা ঙমই। পুন্সি তোলোই। মীথোই মীহেন্ন ঙমই। মী অমা ওইবদা মতিক চাহল্লি। সমাজগী থবক পাংবদা মতিক চাহল্লি। অচোবা কম ফংবা ঙমহনলি মীথোই মীহেনবা ওইহনলি।

চোকশিনবা যুম অমা শানবগীদমক্তা অকন্বা অফবা যাত্রা অমা ছনবা দবকার ওই। যাত্র অহু হাযবা ঙমদনবা লেংদনবা হোৎনবা চুমই অহংদগী চোকশিন্বা যুম অহু শাগদবনি। মতৌ অসুম তৌদুনা ঐখোইনা অঙাং ওইবিবৈংদগী হৌনা ব্রহ্মচর্য পালন তৌদুনা হবচাং ফবা পাঙ্গল কনবা, লমচৎ ফজবা, থৌনা যবা, ইচং থৌবা, মথা যবা মীশক অমা ওইবা তাই। বীর্য মা হনলবদি হবচাং মাংই। ব্রহ্মচর্য চৎলবদি ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, অমস্তুং মোক্ষ ফংবা ঙমই। মীথোই মীহনবা অচোবা মীশক অমা ওইবা ঙমই।

হৌজিক্কী যুগকী মহৈ মশিং যাম্না হৈববা মীশিংনা ব্রহ্মচর্যবু পালন তৌদহনা সেকসগী ৱাখন্দা তাওহনা লৈ। বিলাসিতানা অশিংবগী লম্বীদা চৎহল্লে। অমস্তুং সংযমনা পুন্সি তোলোইবগী মঙাল মশা ওইহল্লি। বিলাসী ওইবা মীওইদি থাম্মোইগী পাঙ্গল শোল্লী। কহিহল্লা অফবা থবক অমত্তা মহাক্না তৌবা থক ঙমদে। মপুং ফাবা যজবা শক্তম অমা ওইবস্তু থক ঙমদে। বীর্য মাংহনবদগী

মথাস্থ শুনা ওই, বুদ্ধিস্থ লৌশিং স্থ চাংহংপা থক ঙমদে। হকচাংগী ইন্দ্রিয় পুম্নমক পাঙ্গল শোন্থহল্লে, থোনা ফাবা নীশক অমা ওইবা ঙমহনদে। নিংশিংনবগী শক্তিস্থ মাংহল্লী হজন শাক্তিস্থ মাংহল্লী, মিংকী শক্তিস্থ শোন্থহল্লী মতম ফত্তবদা হেঙা লেশহল্লী। মীংইবনা সংসারদগী মঙ্গুং মতম চাদনা লেশহল্লী। মরম পুম্নমক অসি ঐখোইনা বীর্য মাংহনবদগী থোকপা ঙাক্তনি। এখোইনা বীর্য খোকখত্তুনা ব্রহ্মচর্য পালন তৌরবাদ অসিগুম্বা অসি থক থোকলোই। বীর্যগী শক্তিদি সংসাবদা অঙকপনি। বীর্য না মীগা পুন্সি শাংহল্লে, পাঙ্গল কলহল্লী, থোনা ফহল্লে। শক ওজহল্লে, মুচু কুমেন থোকহল্লী, য়েংবগী পেনবা নাইদবা শক্তম অমা ওইহল্লী। বুদ্ধি লৌশিং চংখোনহল্লি, নিংশিংনবগী পাঙ্গল হেনগৎহল্লী, লাইগী শক্তী চেনহল্লী, অচৌবা থবক পাংবা ঙমহল্লী। অচৌবা ফম ফংবা ঙমহল্লী, অৱাংবা থাক্কী মহৈ মশিং হৈহল্লী, সমাজগী অচংবা মীশক ওইহল্বা, মীথোই মীহেনবা ঙমহল্লী। মতিক চাবা নাগবিরু অমা ওইহল্লী। অফবা মিংচৎ ফহল্লী।

ঐখোইনা বীর্য মাংহল্লবদি পাঙ্গল শোন্থহল্লী, লাইনশিংনা লাইনা এটেক তৌবা ঙমই, মথা ফবা ঙমদে, শাওগল্লি বুদ্ধি লৌশিং চংখোলহন্দে, কুইনা পুন্সিদে। মিং নাকোং ফত্তে, মঙ্গুং মতম চাদনা লেশিহল্লী। মতম কুইনা থবক শুবা ঙমদে, মীথোই মীহেনবা ঙমদে। হকচাং অমস্থুং পুক্লিংগী শক্তি ৱাৎহল্লী বীর্য য়াম্না মাংহল্লবদি হকচাং শোন্থহল্লী, হকচাংগী ইন্দ্রিয়শিং পুম্নমক পাঙ্গল শোন্থহল্লী, ফজবা মিংথিবা শক্তম অমা ওইহনদে। বুদ্ধি লৌশিং মাংহল্লী, থুনা থুনা

কাওহল্লী, লাইনাশিংনা লাইনা এটেক তৌবা ঙমই। মবম পুম্নমক অসিনা বীর্য যোকখৎপনা ফৈ। পুন্সি তোলোইনা পাঙ্গল লৌশিং লৈনা লৈবা ঙমই।

শাস্ত্রদা মখল নিপালগী নৈথুল লৈ, মখোয নিপাল অসিমক বীর্য মাংনবগী মবম ঙাক্তনি। মখোই নিপাল অমুমখাদা বর্ণন খব পিল্লুনা তাকলি ঃ—

(১) স্মরন — মাংমক্তদা হেক উবা, তাবা, চিত্রদা যেংবা খববদা নত্রগা লাইবিক্তা পাহ্না নুপী স্মরন, চিন্তন, ধ্যান তৌবা অসিনচিংবা অসিবু স্মরন হায়না খংনৈ।

(২) কীর্তন — শৃঙ্গবিক বর্ণন পাম্বা নুপীশিংগী মওং মতৌ অমসুং মতিক মগুন, অমসুং হকচাংগী যজবা শক্তম অমসুং আর্টগী বর্নি তৌবা, পাবা, তাবা নত্রগা ইবা, ফজবা নিংথিবা নুপীগী হাঙাংবা, ফাগী জগাই, রাগবম ঙাংবা, অসিনচিংবা অসিবু কীর্তন কৌই। কীর্তন হাইগী অর্থদি গুন বর্ণন তৌবা হায়বনি।

(৩) কেলি — নুপীশিংগা লোইননা শত্তবজ তান, বোল, টেনিস, ড্রামা, শিনেমা যেংবা, হোলগী মতমদা হোলি শান্নবা অসিনচিংববু কেলি কৌই। কেলিগী অর্থদি শান্নবা, হবাও তয়াম তৌবা অমুবুনি।

(৪) প্রেক্ষনগী অথাদ নিংথিজনা পুক্কিং চংনা নুপীশি বু যেংবা হায়বনি। হায়বদি পাপদৃষ্টীনা যে ববুনি।

(৫) গুহ্য ভাষন — অচিকপদা হাবী শাবা, অসিবু গুহ্য ভাষন কৌই। হন্না হন্না নুপীশিংগী মনাক্তা চৎপা, মখোইগা নোক

খেত্নবা থেম্না অসিনচিংববু ওহ্য ভাযন বৌই। (৬) স কলপ-রাহি অসিগী অর্থাদি রারেপ তানবা, হাযবনি সিনেমা, নাটক, লিলা কলা যে বা, নুংশি মুংঙোনগী সাহিত্য পাবা, ফজবা নুপীগী ফোটো যেংবা, শৃঙ্গার রসগী কবিতাশিং পাবা, নুপীশিংগা তিন্নবা, মখোযগী ফজবা নিংথিবা রাঙাং মশক মতৌ নিংশীংবা, নুপীগা রারেপ তান্নবা অসিবু সংকলপ বৌই।

(৭) কনাগুম্বা ফংলোইদবা নুপীবু য নদ্দীদমক্তা পাপপূর্ণ ওইনা হোৎনবা, অসিবু অধ্যবসায বৌই। অধ্যবসায রাহিগী অর্থাদি যান্না কন্না ফংনবা হোৎনবা হাযবনি।

(৮) প্রেত্যক্ষ সংযোগ নত্রগা মৈথুন — মশামক্কা হেক্তা মাইযোক্লনা তিন্নবা, নুঙাইমিন্নবা, অমত্তা ওইবা অসিবু মৈথুন বৌই। নুপী নুপা তিন্নবা অসিবু মৈথুন হাযনা কৌই। নুপী মশামক্কা হেক্তা হাকথেংনবা সংযোগ ওইবা ঙসিবুনি।

মপুং ফানা ব্রহ্মচর্য পালন তৌনবগীদমক্তা মখল নিপাল অসিদগী কন্নবা হোৎনবা যান্না কৈ।

মথক্তা মখল নিপালনী মৈথুল তাকখ্রে, মসিগী মমুংদা অহান্বা তরেৎ অসিদি মপাযাবা মৈথুন নত্রে, মখোযনা পুক্লিংবু ইথক হৌহল্লি, বীর্য মযাই কাহল্লি, বীর্যবু অরেম্বদা মানবগী থবক তৌনবা আশা পোকহল্লি। শিংলিদা বীর্য মযাই কাহনলি, বীর্যবু ঙাক শেনবদা রাহল্লি। কবিগুম্বদা খংহৌদনা বীর্যবু অরেম্বদা মপাল থোকহল্লি। কছা চৎহল্লি, পুক্লিং যাবা পাক ঙমদে, নুপীগা তিন্ন-নিংই, মরম পুম্নমক অসিনা ব্রহ্মচর্যনা অসিগুম্বা অসিদগী নাম্থোক্লবা

হোৎনবা যাম্না ফে।

হৌজিক কালগী মীশিংনা মথক্তা পনখিবা মখল নিপাল অসি নত্তনা বীর্য মাংনবগী অতোপ্পা মখলগী সাধন কযামরুম লৈ। অসিগুম্বা মখল কযাগী সাধনশিং অসিনা মীওইববু ঙমখৈ লৈতনা লৈখা ত্তানবগী মাইকৈদা পুহনা, অঙকপা ফংনা মাং-তাকহল্লি, পাপকী লম্বীদা চত্নুনা যাল্লবা নবক্তা তাহল্লি। অসিগুম্বা মহৌশাগী ওইদবা সথনশিং অদুদি হস্ত মৈথুন অমসুং অযোনি মৈথুন অসিনচিংবনি। নী খবনা শব মৈথুনসু তৌই, অসিগুম্বা মৈথুন তৌবা অসি মহা-পাপনি। মহাকা লোক অমসুং পরলোক অনিমক্তা মাংনবগী মর্কি। কবিননো হাযববু অসিগুম্বা মৈথুন অসিনা হকচাং অমসুং আখা অনিমকপু লৈখা তাহল্লি। ঐখোযনা হস্ত মৈথুন হাযবা অসি যাম্না তুক্কচনবগী মশক ওইববা যাল্লবা থবক অসি থাদোকপনা যাম্না হৈশিংবগী থবকনি। মসিনা ঐখোইগী কান্নবা কদিশু ওইদে। মাংনবগী মশক্তা মওই। ঐখোইগী হকচাংগী মনুংদা মনোবহা হাযনা খংনবা শিংলি অমা লৈ। মসিগা লোইননা হকচাংগী শিংলি পুম্নমক্কা মরি লৈনৈ, পুক্নিংদা বাম-ভাব পোকলকপা মতমদা শিংলি পুম্নমক থক থক নিকহল্লি অমসুং কোক্কগী খোং যাওবগী যন্ত্র কযা-মরুম ঐখোইগী হকচাংদা লৈ, অসি পুম্নমক ইথক হৌহল্লি মখোইদসু নিকহল্লি। অসুম তৌদুনা ঐখোযগী হকচাংদা লৈবা ঈ পুম্নমক মথন তৌই, মথন তৌবগী ফল ওইনা ঈদগী বীর্য তোঙাননা থোরকই। মতৌ অসুম্না শঙ্গোমদগী মাখন মথন তৌদুনা তোঙাম্না লৌথোকপগুম্বনি। ঈ অমসুং রস অসিনচিংবা চেনবা শিংলিশিং

য়াম্না লৈ, শিংলি পুম্নমক হকচাংগী শিংলি পুম্নমক্তা মরি লৈনৈ। অমগা অমগা শমজিন্নৈ। হৌজিক পুক্নিংদা কামগী ৱাখল পোক্লকপা মতম অসিদা হকচাং মন্নুংগী শিংলি পুম্নমক মথুম-মরাং হৌহল্লি। হকচাং পুম্নক্কী যন্ত্রশিং অসি থক থক নিকহল্লি। অমুক হন্না শিংলি পুম্নমক, অমদি হকচাং অমসুং ঈ পুম্নমক হকচাং মন্নুংদা মথন তৌই, অসুম্না মথন তৌবগী থবক অসিগী মফমদি থক খ.দে। ইৱাং হৌহন্না, কামগী আশা পোকহনবগী থবক্তি উৎলি। বীর্য হাযবা অসি হকচাং পুম্নমক্তা লৈ। মতৌ অসুম্না মথন তৌবদগী ঈদগী বীর্য থোরকই। শঙ্গোম নত্রগা শঙ্গোম অফম্বদগী মাখল থোরকপগুম্বনি। শিংলি পুম্নমক মপাঙ্গল কনখৎহল্লি, ঈ মপাঙ্গল য়াম্না কনখত্তুনা শক্তি-শালি ওই। হকচাংগী ইন্দ্রিশিং অসি মপাঙ্গল কনলি, মৈথুন তৌনবগী মতিকচাবা বীর্য পোক্লকই। মৈথুন তৌবদা হকচাংদা নু ঙাইবা ফাওই তৌইগুম্বসুং হস্ত মৈথুননা শিংলি পুম্নমক পাঙ্গল শোম্বহল্লি। থবক শুবগী শক্তি ৱাৎহনলি, হকচাং ময়েং তাহল্লি। ঈসু পাঙ্গল শোম্বহল্লি, কামগী ৱাখলদগী বীয চেন্থরকই, ঈশিংগী মতৌগুম্না বীর্য অসি হেক্তা চেন্থবকই। বীর্য ময়েং তারবদি নপুংশক হেক্তা ওইরকই। হকচাংগী ফিবম ফৎচিনলক্তে।

নুপাশিংনা হস্তমৈথুন তৌই, নুপীশিংসু কৃত্রিম সাধন্না মরম ওইদুনা মৈথুন তৌই। মসিদগী হিস্টিরিয়া, অঙাওবগী মতৌ, মৃগী অসিনচিংবা লাইনা হেক্তা পোকই। অসিগুম্বা লাইনাসি নুপা-শিংদসু হেক্তা থোকই। ডাক্তর অমনা ইরমই মহুদি অঙাওব-শিংগী লাইয়েংবদগী চাদা ৯৫ দি বীর্য য়াম্না মাংহনবদগী অমসুং

হস্তমৈথুন যান্না তৌবদগী ওইরকপনা অনমবনি।

যুম পাল্লবা নুপা নুপীনা যান্না তোইনা মৈথুন তৌবদগী হকচাং শোন্থবা, শিংলি শোন্থবা, থুনা থুনা কাওগনবা, কাওবা, রাখল লৈতবা, মথা কংলকপা, হজম শক্তি রাংলকপা ঈ, থাংলক্কবা, বুদ্ধি লৌশিং মাংলবপা, লাইনাশিংনা লাইনা এটেক তৌবা ভমলকপা ঋবম অসি হেক্তা থোককই। চিঙ্গাক অফ অফবা চারবদি খরদি ফে। নত্রবদি হকচাং মাংনবগী মশাক।

মচা পোক্ৰবগীদমক্ত নাগী নুপীদা ঋতুগী মতম চাবা কালদা মৈথুন তৌববদি হকচাং থোইমা মাংদে। অসুম্না ব্রহ্মচর্য চৎপবু গৃহস্থ-ব্রহ্মচবী হায়না খংই। অবেম্বদা বীর্য মাংহনদনা যোক-খক্তনা থম্রবদি যান্না ফে, মচা মশুস্থ মশা ফে। মসিদি গৃহস্থ-ধর্মগী ব্রহ্মচর্যনি, ব্রহ্মচর্যগী নুংঙাইবা কান্নবা, অফবা মহৈন পুম্নমক ফংই, অধ্যাত্ম-জ্ঞানসু চাওখংলি।

ববিগুম্বা হকচাংগী শরক ভমদা শোক পনবা থোক্ৰবদি ঈ হেক্তা চেন্থরকই, ঈ থোকবপদা মীনা হেক্তা নাপাইন। তৌইগুম্বসুং মৈথুন অমসুং হস্তমৈথুন যান্না তোইনা তৌহনা বীর্য মা হনবদি খক মীপাইনদে, ঈদগী বীর্যনা মমল নাইদে। তোলা৪০ ঈদগী বীর্য তোলা অমতমক ফংই, অমুক্ত হস্তমৈথুন নত্রগা মৈথুন তৌবদা বীর্য তোলা অমা থোকখি, অত্নদগী ঈ আধাসের (ই)অমা থোকখিবগা চপ মান্ন, মসিদগী হকচাংদা শোহ্নবা, শিংলি শোন্থবা ওইহল্লি, মাংখিবা ঈ সের মথাই অত্ন হনজিন্নবা হোৎনবদা নুমিৎ কযানিমুক চংগদগে হায়বা অত্ন খনফম থোবই। অসুম তৌহনা নুমিৎ খুদিংগী অভম মবিবক

মৈথুন তৌরবদি নত্রগা মুমিং খুদিংগী অমুকরক তৌরবদি, ঐখোয়গী পাঙ্গল, ঐখোইগী থোপ, ঐখোইগী তেজ, ঐখোইগী নাদ য়েক্কনবা শক্তি অমসুং পুন্সি তোলোইনবা শক্তি পুম্নমক মাংখ্রবনি। মীশিংনা লাইনা পকপা, অমসুং মতম চাদনা শিখিবা পুম্নমক বীর্য অরেম্বদা মাংহনখিবদগী থোকপা ঙাক্তনি বীর্য হাযবা অসি মীওইবগী হকচাংদা মমল নাইদবা পোৎশক অমনি, মসিনা পাঙ্গল কনহল্লি, বুদ্ধি লৌশিং চংখোনহল্লি, থৌনা ফহল্লি' পুন্সি তোলোইহল্লি, নাদ যেক্কনা মুঙাই যাইফনা লৈহল্লী।

ঐখোয়গী হকচাংদা বীর্য মপুং ফনা লৈবিবা মখৈ ঐখোইনা মসুং মতম চাদনা শিখিনি হাযবগী চিংনফম অমদি কিফম অমত্তা লৈতে। ঐখোইনা কিগদবদি হকচাংদা বীর্য মপুং ফনা লৈতবা মতমদা কিফম থোকই। বীর্য ৱাংপা মীদি, নুপা থোক্লা থবক পাংবা ঙমদে। মত্তুবু পৃথিবী লুম্নবা লৈবনি, থবক্তা জয় ওইবনা থাই পুম্নমক্তগী নুপা থোকপা হাযবত্নি। নুপা থোক্লা থবক পাং-লবদি মিংচৎ ফংই নুপা থোকই অমর অমসুং পুন্সি তোলোইবা হাযবা অসি ব্রহ্মচর্যদগী হেক্তা ফংবা ঙমই।

ঐখোয়গী লৈবাক্তা ছাত্রশিংনা হস্তমৈথুনগী থবক য়াম্না পাং-থোকই। চহি ১৪দগী ১৮ ফাওবগী ছাত্রশিংনা মখোয়গী পুন্সি অহু হস্তমৈথুননা মৱম ওইহনা অরেম্বদা মাংহল্লি। মখোইনা পাঙ্গন শোৎস্থ, মমিং তরু তরুদে, মিৎতা জ্যোতিহীন ওই, মাইথোংদা অমসুং কুচুদা নাপু মচু মাল্লি, অনাবগী শক্তমগুম উই, মমা মপানা খল্লি, ঐখোইগী ইচাশিং অসি লাইরিক য়াম্না কম্না পাহনা শোনথরে,

অশেংবদি শোনথবগী মরমদি হস্তমৈথুন (বীর্য মাংনবগী সাধন) য়াম্না তৌবদগীনি। মমা মপানা মচাশিংবু মতম লৈবা খিবিক্তা ব্রহ্মচর্য ওইনবা পাওতাক পিবা ফৈ। মখোইদা ব্রহ্মচর্যগী শিক্ষা ফংহনবা দরকার ওই। মতুং মতম চাদনা বীর্য মাংহনবা অসিগী ফত্তবশিংগী মপুং ফবা জ্ঞান অমা খংহনবা কৈ। বীর্য মাংবদগী থোরকপা অতু খংলবদি মশা মশানা ফত্তবশিং অতুদগী কনহৌনবা য়াম্না কম্না হোৎনবা য়াই।

হৌজিক্কী মতম অসিদা ধর্ম্ম শিক্ষা অমসুং ব্রহ্মচর্যগী শিক্ষা অসি যাম্না রাৎলে। মসিদগী ব্রহ্মচর্য ওইদবগী ফত্তবশিং অতু য়াম্না হেনগৎলকলে। ধর্ম্মবু লৈখা তান্নবগী থবক ডাক্তা তৌনরে। মরম পুন্নমক অসিনা ঐখোইনা ব্রহ্মচর্যগী শিক্ষা, ধর্ম্মগী শিক্ষা অসি হৌজিক্কী যুক্তা যাম্না দরকার ওই। ব্রহ্মচর্য পালন তৌবা ছাত্র ওইনবা শিক্ষা পিবা যাম্না ফৈ মশাগী হকচাং ফনবগী পাঙ্গল বুদ্ধি লৌশিং লৈনবগী মমল নাইত্রবা লন বীর্যবু যোকখৎনবগীদমক্তা ব্রহ্মচর্য অমগী থৌদাং পাংবা দরকাররনি। বীর্যবু মাংহল্লবদি শিবগী খযাক্তা শোয়দনা মতুং মতম চাদনা তারগদবনি হাযবা অসি হক কাওবোইদবনি। বীর্য যোকখৎপনা হকচাং ফহল্লি পুন্সি শাংদোক-হল্লি, হকচাং ফবা লন অতু ফংই। চহি ১৬-১৮ শুরবা ছাত্রশিংনা পাঙ্গল, থৌনা, বুদ্ধি লৌশিং চংখোম্না, হকচাং ফনা, পুন্সি তোংলোইনা নুংঙাই যাইফনা লৈনবা ব্রহ্মচর্য পালন তৌবা চুমই। হকচাংদা বীর্য মতিক চানা লৈববদি শক্তি-শানি অমা ওইবা ঙমই। মতিক চাবা ছাত্র অমা ওইহনবা ঙমই। ছাত্রশিংদা ব্রহ্মর্যচগী কান্নবা পুম্নমক্কী শিক্ষা পিবা অমদি ব্রহ্মচর্য চৎতবগী অমাংবা

কান্নদবা পুন্নমক তাকপিবা অমদি খংহনবা হৌজিককী যুগতা য়াম্না দরকার ওই। ছাত্র ওইরিবৈদা ব্রহ্মচর্য চৎত্রবদি তুংগী মচা মশুন্সু ফত্তে। গুন পুন্নমকসু মপ্: ফানা যুগাইনা শাৎপা লৈরাংগুম শাৎকাইবা থক ওমদে, হকচাংসু মপু মরা ফহন্দে। বুদ্ধি লৌশিং চংচং লাওনা, পাঙ্গল থৌনা লৈনবা হকচাং ফনা শক্তি-শানি ওইনা লৈনবা হোৎনবা যাম্না ফৈ। হকচাংগী মমল নাইদ্রবা লনবু হায়বদি বীর্যবু যোকখৎপনা ঐখোইগী তুংগী যিবম ফগৎপা, পুন্সি ভোলোইবা অমদি গুন পুন্নমক ফুগাইনা শাৎকাইবা ওমই। শক্তি চেনবা মমল নাইদ্রবা বীর্যবু হকচাংদা লৈনবা ব্রহ্মচর্য পালন তৌফম থোকই।

ঐখোইগী লৈবাক্কী নহাবোন পুন্নমক ব্রহ্মচর্য পালন তৌদবগী অমাংবা খিবিক্কগী কনহৌনবা ব্রহ্মচর্যগী মহিমা অসিগী শিঙ্গা পিবা দরকারনি। নহাবোনশিংনা পাঙ্গল শোন্থববদি ঐখোইগী লৈবাক লৈখা তাগনি, ভাবত্তা বীর মিংথৈ মাংখিগনি, নীংরবাক্কী মখত্তা, পুন্নমক তাখিনি, সংসার অসিদা বীবশিংনা লৈবাক জয় তৌই, পাংদবা, উৎপাই লৈতবা, রূপা থোক্তবা বুদ্ধি লৌশিং শোয়দোহ্না জ্ঞান লৈতবা দেশ বাশিংশিংনা বমদৌনা ইনি, ভস্বা ভাববনি নু ভাই যাইফগনি, খন্নবা ফৈ। ঈনা ঐখোইগী পুন্সিনি, ঈদা মখল অনিগী শরুক যাওই। অহানবা শরক্না শ্বেত-কন অমসুং অনিশুবা শরক্না রক্ত-কন হায়না খংই। শ্বেত-কন অসিনা হকচাংদা পাঙ্গল যাম্না কনখৎহল্লি, নাদ, যেক্তনবগী শক্তিসু হেনগৎহল্লি, অসিগুম্বা শ্বেত-কন অসিনা লাইনাশিংগা লান তৌনৈ, মখোইনা লাইনাশিংবু জয় তৌই। অদু ওইববদি নাদ যেক্তে, কবিগুম্বদা মাইথিরবদি অনা অয়েক থোকই।

শ্বেত কন অসিনা লাইনাশিংগী জাবম, তীন পুম্নমক চা-থোকই। মরম অদুনা মথোইনা হকচাংদা নাহনবা থক ঙমদে। বীর্য হাযবা অসি পাঙ্গল যাম্না কল্লি, মপুং ফানা হকচাংদা লৈববদি লাইনাশিং পুম্নমক চংলবপা পাক ঙমদে। বীর্য যাম্না লৈরবদি শ্বেত কন যাম্না লৈ মবম অদুনা লাইনা পুম্নমক ঙাকথোকই। হকচাংসু পাঙ্গল যাম্না কল্লি, বুদ্ধি লৌশিংসু যাম্না লৈ, হিরম থুদিং-মক্তা ইফ ফৈ।

বীর্য বু মাংহনলবদি শ্বেত কন পাঙ্গল শোল্লি লাইনাশিংগী র্জামশিংনা মাইথিবা পিদুনা হকচাংদা নাহনবা যাংবা ঙমই। মসি বীর্য যাম্না মাংহনবদগী থোকপা দশানি। বীর্য মাংলবদি ঈদা লাল কনগী শরুক যাম্না ৱাংলি, মবম অসিদগী হকচাংদা পাঙ্গল য়াওদে, পাংনা হাযবদি কুচ্ থাইফং তাইববুনি, লৈনাশিংনা লাইনা এটেক তৌবা ফাওবা ঙমই। মতম অযাম্বদা নাহুনা পাঙ্গল শোন্না, বুদ্ধি লৌশিংশোয়বে.ম্ন. শুন্সি ভে.লোইদনা লৈহনবানি। বীর্যনা হক-চাংদা মপুং যানা লৈাংবা নাংখ াদ মেত্তুনা লৈহনবা ঙমই। পুন্সি তোলোইহল্লি। নপুংনক ওইবা মিবন অসি যাম্না নৈথুন তৌবদগী ওইরকপা মিবমনি, বীর্যসু নাহ লাই হকচাংসু নাপু মচু ওইরকই হকচাংসু পাঙ্গল শোল্লি। তোইনা তোইনা হস্তমৈথুন তৌবগী লমচৎ ওইনখ্রবদি নহাবোলশিং অসি বীর্য মতিকচানা লৈবা থক ঙমদে, বীর্য মতিক চানা লৈতবগী দশা অদু শোযদনা থই। বীর্য অরেম্বদা মাংহনবদগী হকচাং যত্তবা, শথাযত্তবা, মিৎ যত্তবা, ফম্বী ফত্তবগী মিবম অদু শোযদনা থই।

বাল বিবাহ অসি যাম্না ফত্তে। মসিনা লৈবাক অত্থুগী অমাংবা হাযবদি থুনা মশিং য়াম্না মী শিগনল্লি, লাইনাশিংনা এটেক তৌদ্রুনা মী মশিং যাম্না শিগনলি, ফম্বী ফত্তবা, পাঙ্গল শোনবা, থৌনা লৈতবা, বুদ্ধি লৌশিং ফত্তবা অসিনা মরম ওইহুনা লৈবাক্কী মাংনবগী মশক ওই। বীর্যবু মাংহনলবদি, পুন্সি তেনবা মশানা তাবনি। বীর্য য়াম্না মাংহন্নবস্থ চিঙ্গাক মতিক চানা চাবা ঙমবদি খবদি ফৈ হাযববু চিঙ্গাক ফংদ্রবদি মাংনবগী মশকনি। বীর্য হাযবা অসি ঐখোইনা চাখিবা চিঙ্গাকশিংদগী ওইরকপা বসনি। বস অসি ঈদা যাওদ্রুনা লৈ, ঈদগী বীর্য অসি মতম চাববা মতমদা থোবকই। চহি ১৩,১৪ শুবা মতমদা বীর্য মাংহনবা অসি হবচাং মাংনবগী মশকি, পুন্সিস্থ তেনহল্লি হকচাংস্থ মপং মবা ফবা খক ঙমদে লাইনশিংনা লাইনা এটেক তৌবস্থ ঙমই মথা ফংহনদে। বুদ্ধি লৌশিং ফংহনদে। পাঙ্গল থৌনা হন্থহললি।

বীর্য অসি চহি ১৩, ১৪দা যাম্না মাংহনখ্রবদি মচা মশুস্থ পাঙ্গল শোল্লি, পাংদে, কিগনলি, থৌনা লৈতে' তেজ লৈতে, দেশগীদমক্তা করিস্থ কান্নদে, বীর্য অসি মন্নুং মতম চাদনা যাম্না মাংহনখ্রবদি মচা মশু ফাওবা ফতে। লাইনা চেনবা ঙম্বো মচা মশু পোকই। মশা মউস্থ ফত্তে, বুদ্ধি লৌশিংস্থ চংখোনদে। যাম্না থুনা শিগল্লি কুইনা পুন্সিগন্দে। হৌজিক্কী মতমদা বুইনা পুন্সিদ্রিবা অসিগী মরমস্থ মন্নুং মতম চাদনা বীর্য যাম্না মাংহনখ্রবা মীওইশিংগী মচা মশুনা অযাম্বনি। বীর্য যোকখত্তুনা থম্বা মন্নুং মতম চানা শিজিন্নবা, অরেম্বদা খক মাংহনদবা অসিনা পোকপা মচা মশুশিংদি পুন্সি

তোলোই, মশা মউ ফৈ, পাঙ্গল, বুদ্ধি লৌশিং যাম্না ফৈ। চংচং লাওবা মচা মশু পোকই, বীর বালক ওই। বীর্যনাশগী কুপ্রভাব অসি অসুক্কী মতিক ফত্তে চারোন শুবোন ফাওবা ফল ফংই। মরম পুন্নমক অসিনা ঐখোইনা বীর্য যোকখৎপা, অবেম্বদা য়াম্না খক মাংহন্দবা, চোকশিন্না মনুং মতম চাববা কান্দা মচা মশু ফংনবগী দমক্তা শিজিন্নবা অসিনা সংসার অসিদা লৈনা লৈনা স্বর্গগী নুংঙাইবা অদুগা চপ মান্ননা নু ঙাই যাইফবা ফংই। পুন্সি তোলোই, চারোন শুবোন ফাওবা ফৈ, পুন্নিং হবচাং অনিমক নুংঙাই শান্তি পূর্ণ ওইনা লৈবা ফংই। আসেক্য হায়না খংনবা নপুংসক অসি পোকপদগী অদুমক ওইনা হায়বদি নপুংসক ওইনা পোকই। মসি মপাগী অলপ বীর্যনা মরম ওইদুনা অসুম্না পোক্লকপনি হায়না চবক মুনিনা ইরমই।

মপানা য়াম্না তোইনা তোইনা অলপবীর্য ওইবদগী মানা পোকপা মচা নুপাসু দৈবযোগদগী হৌনা নপুংসক ওইদুনা পোক্লকই মচা নুপানা নপুংসক ওইবগী মরমদি মপানা অলপবীর্য ওইবগী মরমদগীনি হায়না তাকই। আসেক্যগী লক্ষন অসি ক্লীবতা ওইবা মপাগী দোষনা ওইরকপনি। মপাগী অলপবীর্যগী মরম অসি চাবকনা অসুম্না স্লোক ওইনা ইরমই, অলপবীর্যদগী নপুংসক ওইবা মচা পোকপনি। "পিত্রোবত্যালপ বীর্য্যাদাসেক্য পুরুষো ভবেত।" মসি মপানা অলপবীর্য ওইদুনা মচানা নপুংসক ওইনা পোকপনি হায়বগী স্লোকনি।

অষ্টাঙ্গ হৃদকনা ব্রহ্মচর্যগী মরমদা শ্লোক অমা পিরি মতুদি :—

ধর্ম্য যশস্য মাগুষ্য লোক দ্বয় রসাযনম। অনুমোদামহে ব্রহ্মচর্য মেকান্ত নির্মলম।

শ্লোক অসিগী অর্থদি মসিনি মহুদি ব্রহ্মচর্য ধর্ম্মনি, ধর্ম্ম অসি অনুমোদিতনি, আয়ুস্থু শাংদোকহল্লি লোক অনিমক্তা কল্যানকারক ওই। রসায়নগী মতৌগুম্না রসায়ন ওই, মতম পুম্বনক্তা উপ-কার তৌবা মীশক ওই। মতম পুম্বমক্তা নিদোর্ষ হাযবদি দোষ তমক্তা লৈতে মরম অসিনা ঐখোইনা মসিবু অনুমোদন হাযনা খংলৈ। মচা পোরবগীদমক্তা মাগী নুপীদা মৈথুন তৌবদি দোর্য অমত্তা লৈতে। মসিমু ব্রহ্মচর্যনি। মসিবু গৃহস্থ ব্রহ্মচর্য কৌই। আধ্যাত্মিকজ্ঞান চংওখংনি অমস্তুং সংসারবিক অভুদয অনিমক ব্রহ্মচর্য দগী ফংবা ঙাক্তনি মরম অসিনা বুদ্ধিমান ওইবা মীশিংনা মতম লৈবা খিবিক্তা ব্রহ্মচর্যগী মাহনা অসি শক শোল্লি। ব্রহ্মচর্য যাওদনা আধ্যাত্মিকজ্ঞান উন্নতি ওইবা থক ঙমদে অমস্তুং সংসারিক অভুদয ওইবস্তু থক ঙমদে।

পুন্সি হুংঙাইনা লেনবগীদমক্তা ব্রহ্মচর্য হাযবা অসি যাম্না দরকার ওই। ব্রহ্মচর্য চংপা মীনা উৎসাহ, বলবাল বীর্যবান অমসুং অকবা মচা সনতান পোরবগী থবক্তা শক্তি পুম্বনক লৈবা মীশক ওইহল্লি। ব্রহ্মচর্য নিংথিনা পালন তৌদ্রবদি পাঙ্গল শোল্লি, কিগলন্নি, বুদ্ধি লৌশিং লৈতে, অযবা মচা পোরবগী শক্তি যাম্না রাংন্নি। লাইবক থীবা মী ওইহল্লি।

ঐখোইনা উবা ফংই মতুদি লাইরবা মীশিংনা ইনাকখনবা মী শিংদগী মচা য়াম্না হেন্না পোকপা হেল্লি। মসিগী মরমস্তু লৈ।

মতুদি লাইববা মীনা নুমিৎ চুপ্পা থবক শু-নোমতুনা পাঙ্গল থৌনা ফগৎহল্লি, শিংলি পুন্নমক কলহল্লি রুখা সুখা হায়বদি অকংবা অমসুং অতেকপা মনামশিং মবাং কাইনা পূক থন্না চাবগা তুমই। রুখা, সুখা ভোজনদি হকচা দা হু চেনদে থুনা যাংনা তুমহনতুনা ঈ হেক্তা ওললি, ঈসু পাঙ্গল যাম্না কল্লি মসিদগী থোবকপা বীর্যসু পাঙ্গল যাম্না কল্লি, চ চ লাএই, যাম্না ফৈ। হকচাং ফবা শিংলি ফাবা যম্বী ফবা বীর্যদগী পোকপা মচাশিংদি পংনা শোযদে। অতুনা মচা মশিং যামইবনি; বীর্য ফবদগী মচা মশিং যামইবনি। নুপীসু লাইনবী ওইববদি থবক কন্না শুতুনা পাঙ্গল কল্লি, থৌনা ফৈ। শিংলি পুন্নমক পাঙ্গল কল্লি, মনা-মশিং যাম্না মবাং কাইনা চাই, চাখি থকখিবা চিঞ্জাক পুন্নমক থুনা তুমতুনা ঈ ওল্লি, অফবা লৌফমদা অফবা মরু ভাবদি শোযদবা হৌবগুম অফবা নুপানা অফবী নুপীদা মক মতম চানা হুনবদি শোযদনা মচা পোকপা মশানা তাবনি মবম পুন্নমক অসিদগী লাইবনা মী মচা মশিং যামইবনি ইনাকখুনবা মীনা মচা মশিং থাংপগী মবম ওইবিবনি। ইনাক খনবা মীনা নিযম কাইনা চাই, গাবিই পেংৎশিং হাযবদি বেবে, ববড়ী, মলাই, মিটাই খটাই অসিনচিংবা পাংশিং চাই অসিগুম্বা মখলগী পোংশিংদি বীর্যদা দোব নৈ, ঈন অমলভা হেনগৎপনা হকচাংদা পাঙ্গল শোল্লি, থৌনা লৈতে, বীর্যসু পাঙ্গল শোল্লি, চাবা থকপসু তুমগনদে, থবক কন্না শুদবনা শিংলি ফত্তে। ফম্বীসু ফত্তে। ঈ শেংদবনা বীর্য পাঙ্গল শোল্লি। এবা নোম্বা থাংপনা হকচাং ফত্তে। শিংলিসু ফত্তে চাখি থকখিবসু নিংথিনা তুনদে অতুনা ঈ থুনা চন্দুনা ঈ অফবা

যাম্না হেনগৎহন্দে। ইনাক খুনবা মীনা নোম্বা লিকপা ৱাৎপা অমসুং ব্রহ্মচর্য ৱাৎপনা মরম ওইদুনা ইনাব খুনবা মীনা মচা যাম্না থক পোক্কে, মখোইসু থবক বন্না শুদুনা চাখি থবখিবা পুম্নমক থুনা তুমদুনা ঈ থুনা ওলহল্লদুনা শিংলি যহনদুনা যম্মী যোকখৎতুনা শেমগৎলবদি শোযদনা মচা মশিং যামগনি। ইনাক খুনবা মীদা বীর্য দোষ লৈবদগী মচা মশিং যামদবনি। বীর্যগী ক্রিয়া যত্তবা অমদি ঈ শেংদবা, শিংলি যত্তবনা বীর্যগী শক্তি শোনবা মরম অসিনা ইনাক খুনবা মীনা মচা মশু মশিং যাম্নদবনি। ইনাক খুনবা মীনা মচা পোক্লবগী ক্রিয়াশিং যহনলবদি শোযদনা মচা মশিং যামগনি। মচা মশুহ শেমগৎলবদি যাম্না যগনি।

নহা ওইরিঙৈদা কাম ৱাসনা যাম্না পোকপা মরম্না গৃহস্থ আশ্রমদা ঋতুকানদা মৈথুন থা অমদা অনিবক তৌবদসু মচা হেক্তা পোকই। মতম চানা নুপী অমদা মৈথুন তৌবদগী মচা পোকপনি। বীর্য মপুং ফানা যোকখৎলবদি পুন্সি তোলোই, হকচাং কৈ, মরম অদুনা চহি ২০—২৫ ফাওবা বীর্য যোকখৎপগী নিযম ঙাকপা যাম্না কৈ। চহি ২৫ দগী ৩৫ ফাওবা থা অমদা অমুকখক, চহি ৩৫দগী ৪৫ ফাওবা অহুম মরিবক থা অমদা মৈথুন তৌবদি হকচাংদা করিশু কাইদে চহি ৪৫গী মতুংদা মৈথুন তৌবগী দবকাব লৈতে, মসি গৃহস্থ অশ্রমগী ব্রহ্মচর্য অমগী তৌগদবা থোদাংনি। ঐখোইনা পুন্সি চুপ্পা পুরিং হকচাং অনিমক পাঙ্গল বন্না লৈনবগীদমক্তা গৃহস্থ ব্রহ্মচর্য চৎপা যাম্না কৈ। পুন্সি তোলোই, পাঙ্গল থোনা কৈ। বুদ্ধি লৌশিংসু যাম্না কৈ। মৈথুন তৌরবগী মতুংদা অফবা শঙ্গোম অমসুং

ফম্বী ফবা চিঙ্গাকশিং চাবা যাম্না ফৈ। ঐখোইন ব্রহ্মচর্য হন্ম চৎলবা মতুংদা গৃহস্থ তশ্রমদা চংবা যাম্না কৈ। চিঙ্গাক অযবা চাববদি ফম্বী যাম্না ফৈ। অত্তুবু থুনা ভুমহ্না অযবা ঈ ওনহল্লবদি হুনি। বীর্যস্থু যম্ভে শঙ্গোম অযবা শিজিন্নবা যাম্না যৈ। অত্তুবু থুনা ভুমহুনা অযবা ঈ ওল্লবদি হুনি। হজম শক্তিনা অফবা ঈ ওনহনলি, বীর্য যহললি। মৈথুন লোইববা মতমদা ইরুজবা হকচাং যাম্না ফৈ। কোক্তা মনম মুংশিবা থাও, লেপ তৈবস্থু যাম্না যৈ। অশেংবা অইংবা মুশিত্রা কোইবা যৈ, ববডী মলাই পৌষ্টীক চিঙ্গাক চাবা যাম্না ফৈ। পাকনচিংবা চাবস্ত ফৈ। শঙ্গোম থকপস্থ যৈ। অস্থুম তৌরবদ্রি হকচাংদা পাঙ্গল যাম্না পিবি অমস্থুং থবক কম্না শুবা নোম্বা ঙমই।

মৈথুন লোইনবা মতুংদা অহিংদা নিংথিনা ভুম্বা যাম্না যৈ হকচাং চোকথবা তেকখৎহল্লি। চিঙ্গাক ওম্নমক নিংথিনা ভুমহল্লি। অহিং নিথিনা ভুমদ্রবদি যাস্তে। পাঙ্গল শোল্লি, হকচাং যস্তে। মুংশিং মুংশা মবাং কাইনা যংবা কাদা ভুম্না যাম্না যৈ। হলবী সুরা, আসব অসিনচিংবা শিজিন্নবা যাম্না যৈ। অমস্থুং মপুং যানা ভুম্নবাদ বীর্য পুন্নমক মাংথিবা অত্থ হনজিনহনবা ঙমই। চিঙ্গাক যবনা কনিশু মাংদে।

মুলেষ্টীগী চুর্ন মিশ্রিগা শঙ্গোম মিশ্রিগা তিন্নবগা থক্লবদি হকচাংদা পাঙ্গল পি, বীর্য মপুং যানা যহললি।

মুপীগা তিন্নবদা বীর্য মাংথিবা অত্থ হনজিন্নবা শঙ্গোম অযবা থকপা য়াম্না ফৈ। পাঙ্গল কনখৎহল্লী। শঙ্গোম্না বীর্য যাম্না

পোকহল্লি মরম অসিনা শঙ্গোমবু অমৃত কৌই। হৌজিক কালগী বিজ্ঞানগী যুগ অসিদা শঙ্গোম অশেংবা অফবা অসিবু মপুং ফাবা অফবা চিঙ্গাক অমনি হাযনা শিজিন্নি। শঙ্গোমগী মগুনদি অঙকপনি, হকচাং যহল্লি, মসিগী মরু ওইবা থবক্তি পাঙ্গল কল্লি, বীর্য মপুং ফাহল্লি থোপ ফহললি, নিংথিনা তুম্নবদি ঈ থুনা যহল্লি শঙ্গোম্না চিঙ্গাকশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না যবা চিঙ্গাকনি। ব্রহ্মচর্য পালন তৌবা মীনা শঙ্গোম চাবা যাম্না কৈ। বীর্যগী ওইবা মীনাস্তু শঙ্গোম শিজিন্নবা যাম্না কৈ। শঙ্গোম্না বীর্য যহল্লি। বীর্য মপুং ফানা লৈরবদি লাইনাশিংনা এটেক তৌবা পাক ঙমদে। লাইনশিং পুম্নমক বীর্য মপুং ফানা, যনা লৈববদি কোকপা ঙমই, পুক্সি তোলোই হবচাং যহল্লি, পাঙ্গল কনহল্লি বুদ্ধি লৌশিং যগংহল্লি। শঙ্গোমগী মগুনদি অঙকপনি মীওইবনা শঙ্গোম অফবা শিজিন্নহ্নবা থুনা তুমহনহ্নবা ঈ ওনহল্লবদি বীর্য মপুং ফানা হকচাংদা লৈবা ঙমই।

## বীর্য বিজ্ঞান

নুপা ওইবগী শিশনদগী থোককভুনা নুপী ওইবগী গর্ভ শযদা যৌহ্নবা গর্ভস্থাপন তৌহনবা অহুবু ঐখোইনা বীর্য কৌই। মসি মী পুম্নমক লোইনা খনৈ। অসিগুম্বা বীর্য অসি অণ্ড কোষগী স্রাব হাযনস্তু খংনৈ। অসিগুম্বা বীর্য অসি অণ্ড কোষদগী থোককপনি। তৌইগুম্বস্তুং বীর্যদা হেশেংনমক অণ্ডকোষগী স্রাবমক্তি লৈতে। অতোপ্পা গ্রন্থিশিংগী রস যাম্না যাওই। মহুদি পৌরুষ গ্রন্থিগী রস, কাউপর গ্রন্থিগী রস অমস্তুং শুক্রাশয রস অসিনচিংবা তিন্নহ্নবা বীর্য

ওইরকপনি। মসিদা অণ্ডকোষগী স্রাবনা যাম্না মরু ওই। অণ্ডকোষগী স্রাবদা শুক্রকীট (বীর্যদা যাওবা জর্ম) না যাম্না মরু ওইবা পোৎশরী। লেমহৌবা শরুক্তি অপাবা স্রাবগী শকক্তি। মসিদা মতিকচাবা স্রাব দরকার ওই। বীর্যনা শিশন ভাগদগী থোরক্নুনা মপান্দা চেন্থবকই। মাস রগন গ্রন্থিগী মহিং স্রাব কৌই। মসিনা অন্ত স্রাবসু ওই। স্রাব অসি চুম্না ঈদা ফংই। অসিগুম্বা স্রাব অনিমক অসিন্, বীর্য কৌই।

ব্রহ্মচর্য পালন তৌববদি বীর্য অরেম্বদা খক মাংদ্রে তৌইগুম্বসুং বীর্য অহু হবচাং মনুংদা অতুমক লৈ। হবচাং পুম্নমক্তা বীর্য মপুং ফানা লৈবা ঙমই। ব্রহ্মচর্য পালন নিংথিনা তৌদ্রবদি হবচাং মনুংদগী বীর্য যাম্না অরেম্বদা মপাল থোকহল্লি, পাঙ্গল শোন্থহল্লি, স্রবী শক্রসু পাঙ্গল শোন্থহল্লি। ঋতুক্ষীনতা অমসুং ওজক্ষানতাগী শদম উৎপাল ওজ, শুক্রগী সাব, শুক্রগী রস অমসুং শুক্রগী উপ ধাতু অসিবু বীর্য হায়না খংনি। আয়ুর্বেদদা অন্তঃ স্রবী অমসুং বহি স্রবী মখল অনি অসিবু বীর্য হায়না কৌই।

## বীর্য কদিনো ?

ঐখোয়না চুংশিং শুদিগী চিঙ্গাক খর চাই, মসিদগী ঐখোইগী হকচাং অসি নোংমা নোমগী মপুং মবা ফানবা শাগৎলকই। ঐখোইগী চিঙ্গাক অসিগী মনুংদা যাম্না মকুওইবা সাব অংশ রস যাওই। অসিগুম্বা অংশ অসিনা হজম ওইখ্রবা মতমদা ঈ ওল্লি। চিঙ্গাক অসিদা সার রস বীর্য যাম্না য়াওই। সাব রস অসিগী মচু

ভৌই। মসি মহাক্কী অগ্নিনা হজম ওই অমসুং ঈ নেতুনা শিংলিদা ঈ অদুনা পদুনা থম্মোইদা যৌই। ঈগী মচু ঙাংই, অসিগুম্বা ঈ অসিনা হকচাং পুম্নমক্তা অচোবা অমসুং অপিকপা শিংলি কযামরুম্না মরম ওইদুনা কোইচেন চেল্লি। ঐখোযগী চাকথাওদা চিঞ্জাক যৌই। চিঞ্জাকশিং অসিবু ঈগী মহাক্কী মৈশানা তুমহল্লি, মসিগী সার অংশ অসিদগী চর্বী শেমই। এলোপৈথ ডাক্তরনা হায় মতুদি কার্বো হাইড্রেটদগী চর্বী (চনাং) শেমই। মহারা মহাক্কী মৈশানা তুমহল্লি অমসুং মহাক্কী সার অংশনা শক শাই। এলোপৈথ ডাক্তরনা হায মতুদি শক (হড্ডি) শানবগীদমক্তা কেলশিযম অমসুং ফোস ফেবসগী শরুক যাম্না দরকার ওই। চিঞ্জাক্তগী কেলশিযম অমসুং ফোস-ফেবসগী শরুকশিং অদু লৌশিন্দুনা তুমহনলগা শরু শেমগৎ শাগৎলি। শকগী হজম শক্তিসু 'মহাক্কী মৈশানা অদুম ভৌই। মহাক্কী সার অংশ (মরু ওইবা শরব) না মজ্জা ওই। মজ্জা অসি শরুশিংগী মথাদা পুনসিনদুনা লৈ, মসি যাম্না কল্লি, মজ্জা অসি মহাক্কী মৈশানা তুমহল্লি মহাক্কী (সার অংশ শুক্র) হাযবদি বীর্য শেমই।

মথক্তা পনখিবা অসি অসুম্না থংজিনগদবনি মতুদি রস, ঈ, মাঁস (শাদুম) মেড, অস্থি, মজ্জা অমসুং শুক্র এমশ, ধাতু অমদগী অতোপ্পা ধাতু শেমই।

ঐখোইনা নুমিৎ খুদিংগী চাবিবা চিঞ্জাক্তদগী ঐখোইগী ধাতু পুম্নমক্কী হোৌরকফমনি। মরম অদুনা ঐখোইগী চিঞ্জাক অসি ধাতু পুম্নমক যাওবা চিঞ্জাক চাগদবনি। চিঞ্জক পুম্নমক অসিদগী ঐখোয়গী

হকচাং শাগৎলি, মরম অসিনা মখোইবু ঐখোইনা ধাতু কৌই। ঐখোইনা চাবি থবলিবা চিঙ্গাত্তগী অচুম্বা অশেংবা রস অমা শেমই, অসিগুম্বা বস অসিদা ধাতু পুম্নমক্কী মগুণ মতিক চানা যাওগদবনি। অসিগুম্বা রসদগী শঙ্গোমস্তু শেমই। শঙ্গোম অসিদা পুন্সিগী দরকার ওইবা মচাক অমস্তুং ধাতুশিংগী মগুণ পুম্নমক যাওগদবনি ধাতুশিংগী পাঙ্গল কল্লবা মগুণশিং যাওবা যাম্না কৈ। মশা মশাগী মৈশানা ধাতুশিং পুম্নমক ভুমহনজুনা ( উত্তম ) অথোইবা মচাক অমা শেমই, মতুং সার অংশগী ধাতুশিং অসিনা ওইরকপনি, অমস্তুং ধাতুশিং অসি তুম্লবা মতুংদা অগলী ধাতু ওইরকই।

বীর্য অমোৎপা লৈতবা ধাতুনি। অন্নুগ তৌদুনা অশেংবা সনাদগী অমোৎপা কবি অমত্তা থোরক্তে। মতৌ অম্নুম্না শুক্রদগীস্তু অমোৎপা কবিশু থোরক্তে ঐখোইগী হকচাংদা খ্বাইদগী মমল যাম্বা পোৎশক শুক্র নত্রগা বীর্য হায়না খংই। অসিগুম্বা শুক্র অসি-মরা মচা পোকহল্লি। পবমানন্দ মসিদগী ফংই। মসিমক্তা মোক্ষ পিবা ঙমই। বীর্যগী হজম থক লৈতে। হৌজিক হকচাংদা শুক্র চাং যাম্না লৈববদি হকচাংদা তেজ, কান্তি, মেধা, স্মৃতি, বল বুদ্ধি যাম্না থুনা চাওখৎলি বীর্য হকচাংদা মতিক চানা লৈরবদি মাইথোংদা ওজ (মঙান) হেনগৎহল্লি। অসিগুম্বা ওজ অসিমরা কান্তি অমস্তুং স্ফুর্ত্তি হেনগৎনবগী মরম ওই। আয়ুর্বেদদা অসিগুম্বা পোশক অসিবু ওজ কৌই। পোটোপ্লাজম অসিমরা ওজনি।

নুপী নুপা সমাগম তৌবদগী জননেন্দ্রিয়দগী বীর্য থোরকই। জ্ঞাননীশিংনা মসিবু শুক্র কৌই। মসিনা নুপীগী হকচাংদা গর্ভধারন

তৌহন্দুনা গর্ভ পুহল্লি। অসিগুম্বা শুক্র অসিদা (পঞ্চ মহাভুত) মঙা অসি যাওই, মতুদি শুক্র, বায়ু, অগ্নি, ভুমি অমসুং জল অসিনচিংবা পঞ্চ মহাভুতগী গুনশিংনা যুক্ত ওই। অমসুং রস তরুক্তদগী মখোই পোবলকপনি বীর্য শেম্বা পোৎশকশিং অসি শিংলিশিংদা চেনহুনা লৈ। মসিব শুক্রবহা নাডী কৌই। অসিগুম্বা শিংলিশিং অসি মথাদগী থোবক্তুনা নাবোংগী মনাক্তা লৈবা শুর্দেদা লাকই। শুর্দেদা অসিগুম্বা পোৎশকশিং অমুক হন্না শেমদোকই অমসুং অমুক হন্না শিংলিশিংনা মবম ওইহনা অণ্ডকোষদা অসিগুম্বা পোৎশক অসি থুংই। অসিগুম্বা পোৎশক অসি শুক্রবহা শিংলিদা লৈ। মসিগী মচুস্থ শঙ্গামগী মতৌ হম্না ঙেই। শুক্রবহানা মবম ওইহনা শুক্র অসি অণ্ডকোষদা থুংই মথম অহুদা অসিগুম্বা বসগী শুক্র ওই। স্ফটিককী মতৌগুম্বা ভোবা, ত্রিগন্ধ, মধুর মধুগী গন্ধ চেনবা, পাতলে শুক্রবু আচার্যনা শুদ্ধ বীর্য কৌই। বনা কনাগুম্বা আচার্যনা অহুম্না হাব নহাদ শুক্র অসি শঙ্গামগী নচুনগী গাচা লৈসদাব ওইবা পোৎশাক্কি মাসগী প্রাতক্রিয়াদ শাস্ত্রীযনি মাইক্রোসকোপ্তা যেংবদা বীর্যদা মাশং থিডংদবা শাশংগী ভীব (ভস) যাম্না পাঙ্গল বন্না বোই-চেন চেনহুনা বীর্যদা ভাত্তুনা লৈবা উবা যংই। মখোই ওল্লবপগী মচাকশিং অসি মখন মথা অযাম্বা ভৌটিক ওইবা পোৎশিংগী সমুদাযদগী পুর্ণ ওইবগা ওল্লবপনি। শন্দোরা তাল্লবদা মসিদা মখাদা ইবিবা পোৎশকশিং অসি যংই। (১) স্নেহ (২) মহল বযাগী এলবুমেন — নডুক্লীন, সীরম এল্বুমিন, লীসীথীন, ক্ষারীয এলবুমিন বোলেসটীন, (৩) মখন বযাগী লবন মতুদি—ফোস ফেট

কার্বোনেট সলফেট হবদী (৪) এপি যীলিযন সেনগা লোইননা সেমিনল, বৈপস্থল (৫) পুনবীজ, (৬) হস্পব মেম্রীন অসিনচিংবনি।

অশেংবা শুক্র (শুদ্ধ শুক্র) মক্লা মচা পোক্লবগী পাঙ্গল লৈ। শুক্রদা শুদ্ধ কীট (জার্ম অশেংবা) যাম্না লৈ। মহুবু ইংগ্রেজীদা স্পর মোটোজুআ কৌই। অশেংনামক অসিগুম্বা শুক্র কীট শুক্রদা যাওবা জার্ম) অসিমম্না মচা পোরবগী মক ওইবা মচাকনি, অস্তুক যাম্না শক্তি শালি ওইবা শুদ্ধ কীট (অশেংবা জার্ম) যাম্না যাওরিবা মথি হাযবাদ গর্ভ ধারন তৌবা যানবা হিংসাবদা জার্ম অশেংবা বীযদা যাওরবদি মুপী অদু গর্ভ শোযদনা পুর্গান।

গর্ভ পুদবগী মবমদি বীযদা যাওবা জান অদু মশা শোনবা, মচাল মশা লৈতবা ফত্তবা ওইরবদি মবদোইডদসু গর্ভ থক পুবোই। মাসনা নমুম পাম্লবী মুপীনা মচা পোক্তবগী মবমান।

## বীর্যগী লৈফম

মতম পুম্নমক্তা শঙ্গোমদা ঘী লৈ, চুদা চুহি (বস) লৈ, অমসুং থাও মরুদা থাও লৈ। মতৌ অসুম তৌহ্ননা হকচাংদা শুক্র মতম লৈবা খিবিত্তা লৈ হকচাং পুম্নমক্তা শন্দোক্লুনা শুক্র লৈনবগী কলা অদু ঐখোইনা শুক্র কবা কলা কৌই। মসিগী অর্থদি মসিনি মহাদ ঈদা মাংস, মেদ, অস্থি, মজ্জা, মাসনচিংবা ধাতুশিং অসিনা পাঙ্গল কম্নবগীদমক্ত স্থব লৈ। মতৌ অসুম্না শুক্র ধাতুগী স্থবদসু জার্ম লৈ। মৈথুনগী মতমদা হকচাং পুম্নমক অসিদা লৈবা ঈদগী বীর্য শুংই অমসুং বীর্য থোরকই। শুক্র খরদমক হকচাংদা লৈরবদি,

মতুংস্থ ঐথোইনা চাবা থকপদা চিঙ্গাক ফত্তবগী মরম্মা ওইরকপনি। শুক্র শেম্নবগী তত্ব ঙাংনা লৈরবসু নত্রগা পাঙ্গল শোনবা তত্ব লৈরবস্থ ঐথোইগী হবচাং যত্তবা অমদি চিঙ্গাক ফত্তবদগী ওইবা ঙাক্তনি। অসিগুম্বা ফিবমদা লৈববদি সমপুর্ণ গুনযুক্ত শুক্র থক ওইবা ঙমদে। পাঙ্গল শোনবা শক্তি চেনদবা শুক্রক্ষয়(শুক্র যত্তবা) ওই। ঈস্থ পাঙ্গল শোল্লি, ঈ যত্তে, মবম অতুনা শুক্র শেম্নবগী তত্বস্থ য়াম্না ঙাংলি। হকচাং পুম্নমক্তা শুক্র লৈ, মরু ওইনা অণ্ডকোষদা শুক্র মরু ওইবা মওংদা শেমই। অণ্ডকোষদা শুক্র কীটশিং (বীর্যগী জার্ম) শিং পোকলকই। শুক্রদা অসুম তৌদুনা শুক্র কীট ফংই। ঈদা শুক্রকীট লৈতে। হকচাং পুম্নমক্তা শুক্রকীট লৈতে। হকচাং পুম্নমক্তা অমসুং সমপুর্ণ ঈদা শেমগং শাগংনবগী তত্বদি লৈ। মরম অসিনা মুপাগী মরু ওইবা শরুক্তি অণ্ডকোষনি। অণ্ডকোষ লৌথোক্ল-বদি শুক্রদা প্রজোৎপাদক গুন লৈত্রে। নামর্দী ওইরে। হকচাংবু কনথংনবগী মশক ওইরবা শুক্রগী তত্ব অসিনা হকচাং যহনলি। মতৌ অসুম্না শঙ্গোমদগী মথ তৌদুনা ঘী লৌথোকপগুম। মতৌ অসুম্না মৈথুনগী মতমদা বায়ুনা মরম ওইদুনা সমপুর্ণ ঈ মথ তৌই। শুক্র বাহিনী শিংলিদগী চৈতন্য জাগৃত তৌই। অমসুং থুনমক হকচাংবু মথ তৌদুনা শুর্দেনা মরম ওইদুনা শুদ্ধ ওইবা পোৎশকশিং অদু অণ্ডকোষদা থুংনবগী থবক পাংথোকই। মরম অদুদা শুক্রদা শুক্র-কীট পোকই।

বীর্য নত্রগা শুক্রবু ইংগ্রেজী লোলদা সীমেন কৌই। মৈথুন্না মরম ওইদুনা বীর্য মপাল থোরকই। বীর্যদা মথল অনিগী পোৎশক

ফংই। মখল অমনা চেন্থবা পোংশক অমসুং অতোপ্পা মখলনা শুক্রকীট নত্রগা বীর্য জার্ম অসিনি। জার্ম অসিবু ইংগ্রেজীদা স্পরমেটোজুঅা কৌই। বীর্যদা ( চেন্থবা পোংশক ) হায়বদি মহি লাংবা (পোংশক) অসি অণ্ডদা মচু ঙৌই। বীর্যগী মচুদি ঙৌই অমসুং মহি অত্থ নংই। শুক্রদা চেন্থবা রস মরি থক লৈ।

(১) অণ্ডকোষগী তবল, (২) শুক্র শয শুক্রধারাগী তরল, শুক্রধবাবু অংগ্রেজীদা সর্মিনন বেসিকিলস কৌই। (৩) কাউপর গ্রন্থিগী রস (৪) প্রোষ্টেট গ্রন্থিগী রস হায়রিবা বস মরি অসি য়াম্না মরু ওই। বীর্যদা অণ্ডকোষ গ্রন্থিগী রসকা তিন্নবা মতমদা বীর্যদা অণ্ডকোষ শুক্রকীট শৃজন তৌই। শুক্রশযগী বস মতম খুদিংমক্তা মসিদা তিন্নহনা লৈ। মতন অহুদা মহাক শুক্রশযদা লৈ। লেমহৌবা গ্রন্থি অনিদি কাউপব গ্রন্থি অমসুং পোষ্টেট গ্রন্থিগী বস সমভোগ কালদা মিশ্রত ওই। শুক্রকীট অসি মহিদা ফাজনা ঈরোইহুনা হায়বদি তাওহুনা লৈ, পাঙ্গল কনবা কীটদি য়াম্না য়াংনা ইরোইবা ঙমই। অমসুং নির্বল কীটদি, (পাঙ্গল শোনবা জার্মদি ) নিংথিজনা ইরোইহুনা কোইচেন চেনবা, চোংবা থক ঙমদে। বীর্য লাকপা মতমদা বীর্যগী রঙ্গদি হুখিযা রঙ্গ ওই মসিদা চিকনাই লৈ। মতম খবা লৈরবা মতুংদদি বীর্যগী মচু হুখিয়া রঙ্গ অমসুং চিকনাই থক ওইদে। শুক্র মখুম খুমজিনহুনা থম্নবদি মসিদা মু.শিং চংত্রবদি শুক্রকীট মুমিং নিনি ফাওবা হিংনাহু লৈবা ঙমই মুংশাদদি পুং (১) অমদা শুক্রকীট পুম্নমক লোইনা শি।

এসিড অমসুং অথা অয়াক্তদি হিংদুনা থক লৈবা ঙমদে। মরম পুম্নমক অসিনা অথাবা অযাকপা যাম্না চারবদি শুক্রকীট নির্বল ওই। মরম অদুনা থাতুগী লাইনাশিংনা নাবা মীশিংনা অথাবা, অযাকপা পোংশক, থুন মোবোক থক চাবোইদবনি।

বীর্য অমুবথক চেহ্বদা, মসিদা লাখ ১০ দগী লাখ ৬০ ফাওবগী শুক্রগী জার্ম যাওই। অসিগুম্বা জার্ম অসি মনুষ্যগী মর্তিক পিবই। ঐখোইনা থক উবা ফংদে। মাইক্রোসকোপ থাদুনা যেংলবদি ঐখোইনা জার্ম অসি অশেং অশেংনা উবা ফংই। শুক্রকীটগী অশাংবা ০০৮ ইঞ্চি শাংই। শুক্রকীটগী গন্ধ অমত্তা ওইদে, তোঙা তোঙানবা মীগী তোঙান তোঙানবা গন্ধ লৈ। বনাগুম্বা মীগী বীর্যদি অংকপগী মশাক ওইবা গন্ধ লৈ।

আয়ুর্বেদদা শুদ্ধ বীর্যগী লক্ষণ অদুম্না ফংলই, শুদ্ধ বীর্য গাটা অমসুং চিকনা ওই। মসিদা গ[illegible] থাওবা লৈতে। মলনাইগী মতোংগুম্না লৈ। মহাংদি থুংই, মৈচাম বনি [illegible] লৈতে, অমসুং চিকনে বিলাবি শীংশেংগা নাইং, নচুদি ডোই। শহডগী মাতৌগুম্না সুগন্ধ ওই। বীর্য মথন মথন, স্নিগ্ধ, দুর্গন্ধ লৈত্রবদি ভাবী গাটা অমসুং মশিং যাম্ন যাম্না শুক্রকীট মশিং ওইরবদি শোয়দনমক নচা পোকই। হায়বদি বীর্যদা যাংবো ডাম্নাশিং, অদু লোই লোনবা, পাঙ্গল কনবা চংচং লাংবো মশা মউ ফবা ওয়াম্না মশিং যাম্না যাম্বা অফবা জার্ম ওইরবদি নুপী গর্ভ ধারন তৌবা শোয়দ্রে, করিগুম্বদা মশা শোনবা, পাঙ্গল শেংবা, মশা যংবো, ইপা পাবা মশা ওইবা জার্ম ওইরবদি কৈদৌঙৈদসু গর্ভ ধারন তৌবা থক

ঙমদে। বীর্যদা য়াওবা জার্মনা ফরগা অঙাং ওই কল্লবদি অঙাং ওইবা ঙমদে।

## নুপী নুপা থংনবা খুদম
### শুক্র কন্য অমসুং শুক্র বালক

মথল অনি শুই। বীর্যদা য়াওবা জার্মনা নুপাগী মশিং ঙাক্না ওইববা মতমদা নুপা ওইবা অঙাং পোকই। বীর্যদা য়াওবা জার্মনা নুপীগী জার্ম ঙাক্না ওইরবা মতমদা নুপী ওইনা পোকই। বীর্যদা য়াওবা জার্মনা নুপা ওইবগা নুপা নুপী ওইরগা নুপী পোকই। মসিসু অযবা জার্ম নল্লবদি থক ওইবা ঙমদে। শুক্রনা পাঙ্গল কনলবদি হবচাংদা উৎসহ, অমসুং কিগনদবা ওই, হকচাংসু ফৈ পুক্নিং দা ধৈয ওই। অরাবা, অশাওবা অনিমক্তা পুক্নি, তপ্না লৈহনবা ঙমই। বীয যবগা শবিরিক অমসুং মানসিক শ্রম অনিমক্কী শক্তি য়াম্না পি। মতম পুম্নমক্তা পুক্নি, হকচাং অনিমক চাওখৎহল্লি খোঙ্কেন্দাসু মাধুর্য অমসুং পাঙ্গল লৈ, হকচাংসু পাঙ্গল কল্লি অমসুং ঐশ্বর্যশালী ওইহল্লী। অসিগুম্বা মীবু সংসারদা ধনবান অমসুং যশবান ওইহল্লি। অসিগুম্বা মীনা পরাক্রমী ওইবা মচা পোকই। মবম পুম্নমক অসিনা শুক্র অসি ঙাক-শেন্দুনা য়োকথৎপা য়াম্না ফৈ।

ঐখোয়না পুক্নিং হকচাং অনিমক য়াম্না হুংঙাইনা হায়বদি (চরম সীমা) য়োনা মৈথুন তৌরিঙৈদা যোনি অমসুং লিঙ্গগী সংঘষনগী হুংঙাইবা অহু থাক য়োবা অহুদা সুশুম্না কেন্দ্র উত্তেজিত

তৌদুনা বীর্য অদু তাখি, অমসুং মুংঙাইবা পোক্লকই। মতম অদুদা পুক্লিং অমসুং সুষুম্না কেন্দ্র মথুম মরাং হৌরকই, অসিগুম্বা বাখল অসি য়াম্না মরু ওই, অসিগুম্বা ইরাং ফলাং অসিদগী ঈগী ঈচেন জানায়গী মাইকৈদা অসুম অসুম হেনগৎলকই। ঈগী ঈচেন লিঙ্গগী মাইকৈদা য়াম্না চেম্থরক্নু না লৈ। ঈগী ঈচেন অণ্ডকোষদাসু যাম্না হেনগৎলকই। মরম অসিনা অসিগুম্বা গ্রান্থিশিংনসু শুক্র শেমই, অমসুং শুক্রবহীনীনা মরম ওইদুনা শুক্রাশযদা অমত্তা ওই। মৈথুনদা প্রবৃত্ত ওইদুনা যোনি অমসুং লিঙ্গগী সঘষনগী মুংঙাইবা অদু ঙমখৈ যৌনা মুংঙাই, সুষুম্না কেন্দ্র মথুম মরাং হৌদুনা শুক্রবু কম্না কামথোরকই।

## গর্ভ ধারন

মুপাগী শুক্রদা শুক্রকীট নত্রগা পুংবীর্য অসিনা যাম্না নক ওই পুরুষ কীট নত্রগা পুংবীর্য অসিমক্না গর্ভ ধারন তৌবা ঙমহনবনি। অমুকখক শুক্র য়াম্না চেম্থাবকই মতুদা উত্তম বীর্যদা করোড ২০দগী করোর ৫০ ফাওবগী শুক্রকীট য়াওই, পুরুষ কীটগী শরুক অহুম লৈ। অহানবা শরুক্না মুণ্ড নত্রগা সিব হাযবদি কোক অসিনি, অনিশুবা শরুক্না মাধ্য-ভাগ অসিনি, অহুমশুবা শরুক্না মমৈগী শরুক্নি। শুক্রকীটগী অশাংবা $\frac{1}{500}$ ইঞ্চীদগী $\frac{1}{600}$ ফাওবা শাংই। মসিগী চাওবদগী চাওবা $\frac{1}{5000}$ ইঞ্চি চাওই। অসিগুম্বা শুক্রকীট অসি শুক্রদা যাম্না য়াংনা হঙ্গৎ হনদা চেনথোক চেনশিন তৌদুনা লৈ। মহাক্কী অয়াংবা ইচেম্না যৌনিগী মমাইদা তারুই, বীর্যদা

য়াওবা শুক্রকীট,অসিনা গর্ভাশযদা থুংই মফম অসিদগী লাক্লুনা মথক্কী মাইকৈদা চংই অমসুং বীর্যবহিনীদা য়ৌই। মখোইনা বীর্যবাহিনীগী মাইথোংদা চংই অমসুং মসিগী মখাদা চংখি। মফম অদুদা নুপীগী বীর্যগা লোইননা শুক্রকীটতু তিম্নে শুক্রকীটগী (মুণ্ড) মকোক্কা নুপীগী বীর্যগী মখাদা চংখি। মমৈনা মপান্দা লৈহৌই, মতম অদুদা শুক্র-কীটগীমকোক্কা নুপী বীর্যগী অংশ ওই। তস্ুম তৌদুনা বীর্য অনিমক তিন্নবদগীগর্ভ বীর্যগী প্রথম কোষ ওই। মসিবু গর্ভ বীর্য (Fertilized ovum কৌই। অসিগুম্বা কোষগী মযাইদা শরুক অনি থোকই। কোষ অনি শেমই। অসুম তৌদুনা য়োক থাক্লুনা চাওরগা কোষ অনিদগী কোষ মরি ওইবকই। অসুম তৌদুনা খাইদোক খাইদোক্লুনা কোষশিং মশিং অসুম অসুম হেনগৎলকই অমসুং মপুং ফাবা গর্ভ পুবগী ফিবম ওইরকই। অসিগুম্বা কোষদগী দরকার ওইবগী মতুং ইন্না কেফরোগী কোষ, থম্মোইগী কোষ, পুক্কী কোষ অমসুং অতোপ্পা দরকার ওইবা কোষ শেমদুনা হকচাং অসি সৃজন তৌই।

নুপীগী বীজবাহিনীগী মাইকৈ মবিমক্তা অমসুং নুপীগী বীর্যগী মাইকৈ মবিমক্তা মথল অমগী য়াম্না কুংবা নোই পেনবা জার্ম মহি চেন্থৈ। অসিগুম্বা মহি অসিনা নুপীগী বীর্যবু আক্রমন তৌবদগী কনহৌবা ওমই। অসিগুম্বা মহি অসিনা শৌদোক্লুনা মহি লাংত্রবদি নুপীগী বীর্যগী মখাদা নুপাগী বীর্যনা মফুংদা চংবা থক ভমদে। গর্ভ থকসু পুদে হায়বদি মসিগী ফল করিসু লৈতে। নুপীগী বীর্য বাহি-নীগী য়াম্না নোই পেনবা চং চং লাওবা জার্ম য়াওবা মহি, লাংথোক্লবগী দমক্তা নুপাগী বীর্যদগী মথল অমগী অম্ল স্রাব থোরকই। শুক্রগী

অন্ত-স্রাবনু য়াম্না ফহনগদবনি চাং য়াম্না চানা তৌগদবনি, মরি অন্-তুম্ম মতিক চানা ফহনগদবনি নত্রবদি গর্ভ ধারন তৌবা থক ঙমদ্রে অম্বুকথক চেন্থরকপদা শুক্রদা শুক্রকীট (জার্ম) অম্বুক য়াম্না য়াওররদি হায়বদি গর্ভ ধারন তৌবদা মতিক চাবা জার্ম য়াওরবদি নুপী অহু শোয়দনা গর্ভ পুগনি। শুক্রকীটনা মশিং য়াৎলবদি নুপীগী বীজদা মরু হুনবা ঙমদে। গর্ভশয়গী থোংদা মথুম অমা লৈ। মথুম অসিনা বীর্যবু থিংনবগী অহানবা থোংনি অসিগুম্বা থো, অসিবু ফককাইত্রবদি শুক্রকীটনা গর্ভশয়দা চংবা ঙমদে। থোং অসিবু যককাইনবগীদমক্তা শুক্রকীটগী মথল অমগী অন্ত স্রাব লৈ মসিনা মথুম অহু হাংদোকই, মথুম হাংদোক্লগা শুক্রকীটগী চংনবগী লম্বী ফাংলি শুক্রকীট পাঙ্গল শোল্লবদি মহাক্কী অন্ত স্রাব পাঙ্গল শোল্লী। গর্ভশয়গী মথুম অহু হাংদোক্তে শুক্রকীট পুম্নমক মফম অসিদা লোইনা মাংথি অমসুং গর্ভ ধারন কৈদৌঙৈদসু তৌদে।

শুক্রকীটগী অন্ত স্রাব অমসুং নুপীগী বীর্যগা অমত্তা ওইনা তিন্নে। মসিনা গর্ভধারন তৌবগী অহানবা থাগী ফিবমনি। মসিবু আয়ুর্বেদদা নুপী মিরোনবগী অহানবা থা হায়বদি প্রথম মাস হায়না থংনৈ।

বীর্যদা শুক্রকীটগী মশিং করোড ৬দগী য়াৎলবদি গর্ভ ধারন তৌবা থক ঙমদে। মশা মউ ফবা জার্ম করোড ৬দগী হেন্না য়াওবা বীর্যদি গর্ভ ধারন তৌবা ঙমই। করি করিগুম্বদা শুক্রকীট অসি ফিবম কাইবা য়াওই। মহুদি মকোক অনি পানবা নত্রগা মমৈ অনি পানবা শুক্রকীট অসি বীর্যদা য়াওবা য়াওই, মসিবু বিকৃত

শুক্রকীট হায়না কৌই।

বিকৃত শুক্রকীট অসিনা শরুক মঙা ওইববা বীর্যদি গর্ভ ধারন তৌবা থক ঙমদে ঐখোইনা মচা পোক্কনগী মবমদি ঐখোইগী বীর্যদা বিকৃত শুক্রকীট হায়বদি জার্ম যিবম কাইবগী মবমননি। ফিবম কাইবা, মশা শোনবা, মশিং যামদবা, মযাং কংবা জার্মদি গর্ভ ধারন তৌবা থক ঙমদে। মসিন অসিনা নুপীনা মচা পোক্কবনি, নুপী মচা পোক্কবগী নক ওইবা মবমদি নুপাগী বীর্যদা য়াওবা জার্ম অতু মশা মউ ফত্তবা, লোইবা লৈদবা, মশিং যামদবা, মকোক অনি পানবা মমৈ অনি পানবা জার্ম যাওবা, গর্ভাশয়দা অফবা বীর্য চংদবা মপান্দা অবেম্বদা মাংখিবা নত্রগা খিবক অসিনা মচা পোক্কবনি। নুপী মশা যত্তবসু গর্ভধারন তৌবা থক ঙমদে বিকৃত শুক্রকীট অসিনা চামদা ২০ ফাওবা বীর্যদা যাওবসু নুপীনা গর্ভধারন তৌবা ঙমদে। বীর্য দোষ অসিনা গর্ভ ধারন তৌদবনি, আয়ুর্বেদগী মত মতুং ইন্না শুক্র-কীটগী ফিবম কাইবা নত্তে অসি বায়ু দোষনি হায়না পিরি। অসিগুম্বা ফিবম কাইবা মওংগী জার্ম বীর্যদা যাওববদি অযাম্বা মতমদা গর্ভ ধারন তৌবা ঙমদে শুক্রকীটদা রাসায়নিক দ্রৈব্য লৈ। মসিনা মবম ওইতুনা নুপাগী বীর্যবু ককথত্তুনা শুক্রকীটশিংনা স্ত্রী বীর্যগী নক্তদা চংলকই, অসিগুম্বা রাসায়নিক দ্রৈব্য পিত্তগী মথাদা লাকই। অসিগুম্বা পাঙ্গল শোলবা শুক্রকীটনা স্ত্রী বীর্যগী মথাদা চংলকপা ঙমদে, মবম অদুনা নুপাগী বীর্য অদু দূষিত বীর্যনি। গর্ভদা লৈরিবা অঙাংগী অফ যাত্ত চুম্নমক মমাগী চিন্তাক অমসুং লমচৎ শাজৎ অচাব-বিচাবগী মথা পোল্লি। মমানা চিন্তাক অফবা চারগা মচা ফৈ, লমচৎ শাজৎ ৱাখল অমসুং থবক ফবগা মচাসু ফৈ।

মমা ওইবগী যিবম অসি মচা যহন্নবগীদমক্তা হেন্না হেন্না যগৎহনবা দরকারনি। নুপী নুপা অনিমক যরগা মচা কৈ। মচাস্তু মমা মপাগী মখা পোল্লি। মমা মপাগী অযবা মকনা মচা অযবা ওইগদবনি। মচাগী ফিবম ফন্নবা মমা মপানা চিঙ্গাক, যহনবা তাই। অফবা মমা মপাগী রাজ বীর্যনা মমন ওইদুনা মচা অযবা পোকইবনি। মমা মপাগী লমচৎ শাজৎ, চিঙ্গাক অচাব বিচার পুম্নমক অসিনা মচাবু যগৎহনবা নত্রগা মাংহনবা মশানা তাবনি। ঐখোইনা অযবা ইচা পোক্কবা অফবা লমচৎ শাজৎ, বাঙাং শাঙা, ভনবা, চিঙ্গাক অফবা চাবা রাজ বীর্য ওইনবা অমদি ভিন্নবা হোৎনবা তাই। মীবোনলিবা নুপীবু ঐখোইনা অযবা মচা পোকবা অযবা চিঙ্গাক, লমচৎ শাজৎ অচার বিচাব চৎহনবা যৈ। ঐখোইগী হকচাংদি তযবা মন্দিব অমা ওইনবা হোৎনবা চুমই। মসিনা মচা অফব পোকই। শুক্রনা মীওইবগী হকচাংদা শুনতা, উৎসাহ, নিংঙ্কাল ওইহনবা চুমই। শুক্র ব্রাৎলবা মীদি মতম নৈলবা পিবিক্তা নিংনানি, মথৌনা, মপাঙ্গল লৈতে। মশা মউ যবস্থ ঙমদে। পুংকি দা ধৈর্যস্থু লৈতে। অরাবা অনাবা, অশাওবা; নুংঙাইতবা যিবন ওইহল্লি। মীওইবগী হকচাংদা বীর্য মতিক চানা লৈরবদি পুংকি হকচা অনিমক নোংমদগী শক্তি য়াম্না লৈ। ব্রহ্মচর্য চৎলনা মীদি পুংসিদা বক্তি মান্ন ওইনা লৈহল্লি হকচাংদা যজবা নিংথিবা থোৎলবা মেংলবা, মঙাংবা বুচু, স্বরদা মাধুর্য অমস্তুং পাঙ্গল লৈনা ঙাংবা ঙমই। হকচাং নাদ যেক্তনা লৈবা ঙমই। বলরান অমস্তুং ঐশ্বর্যশালী ওইহনবা ঙমই, নবম পুম্নমক অসিনা শুক্রবু রক্ষা তৌবা কৈ। ব্রহ্মচর্য পালন তৌবা মীনা পুন্সিদা লন, মান যশ (মিংচৎ) যংবা ঙমই অসিগুম্বা মীনা পোকপা মচাস্থু পরাক্রমী ওইবা মচা পোকই।

## নপুংসক

মৈথুন তৌনবগী শক্তি লৈববু পুংসত্ব কৌই, মৈথুন তৌনবগী পাঙ্গল লৈবা মীবু পুংসক কৌই। মৈথুন তৌনবগী শক্তি শুকলৈ লৈত্রবা মুপা অসিবু নপুংসক কৌই, মসিবু সংস্কৃত লোলদা ক্লীব কৌই। ক্লীবদগী ভাব র চক সংজ্ঞাদা ক্লৈবা নত্তগা বলীবতা হায়না খংনৈ মসিবু নপুংসকতা কৌই। নপুংসক ওইরবা মুপাদি মহাক্কী মুপীদা মৈথুন তৌবা ঙম্মদ্রে, করিগুম্বদা মৈথুন তৌববসু পুর্ণ মৈথুন তৌবা ঙম্মদে, লিঙ্গ অদু থীলা হেক্তা ওই, যোনিদা চংবা ঙম্মদে, নত্রগা থুনমক বীর্য হেক্তা মপাল থোরকই, মপুং ফানা নুংঙাইবা ফংদে, মৈথুন তৌনিংবগী শক্তি থক লৈতে, হুমাং হেক্তা তাই। মসি মৈথুন শক্তি ৱাংপগী মবমনি। মুপা অদুনা তশেংনমক মি গীদা ওইবা মদ (মুপানি) তশেংনমক মসি নাম্মদ ওইবা (মিংদা ওইবা মুপানি) বীর্যসু পতলা ওই বীর্যসু শক্তিক্তা ওই। পুরা পুরী ইৱাং ৱাংলি। ইসু ইৱাং ৱাংলি, পুরি সু শোল্লি হকচাংগী থা-বাইডগ্রৈনডসু শোল্লি মথাসু ফত্তে, মসি নপুংসক্কী লাইনানি। মসিগী মরু ওইবা মবনদি বীর্য যাম্না ৱাংপদগী থোকপা নপুংসকতা ওইবগী যিবমনি। বীর্য যাম্না ৱাংলবদি অসিগুম্বা ফিবম তাসি হেক্তা ওই। চবকনা তাশংনা মহাক্কী মত ফোংদোকই মতুদি বীর্যদোষনা নপুংসকতা ওইবনি। বীর্যবু শুদ্ধ (আশ বা অফবা বীর্য) ওইহনল-বদি বীর্য দোষ কোক্কনি। মতম অতুদা নপুংসকতা ওইরবসু পুং-কোক কোক্কনি।

নপুংসকতা মখল অনি থোক্না থাইদোকই। অহানবা মখলগী নপুংসকতাদি মুপা অদুনা ওক্তাবা থবক মশামক্তা যাম্না তোইনা তো-ইনা তৌরুবদগী মহাক্কী বীর্যবু লোইনা মাংহনবদগী পোকলকপা

নপুংসক অসিনি। অনিশুবা মখলগী নপুংসক্তানা মপাগী বীর্য দোর্ষদগী অমসুং অলপ বীর্য দোর্ষগী পোক্লকপা নপুংসক অসিনি। মসিবু ঐথোইনা জাম্ম জাত নপুংসক হায়নসু কৌই, মসিবু হিজড়া হায়নসু খংনৈ। যাম্না তোইনা তোইনা মৈথুন তৌবা, গুদা মৈথুন বেশ্যাগমন, অযোনি মৈথুন অসিনচিংবা মরম কয়াদগী বীর্যক্ষয় ওই-বক্তুনা নপুংসক্তা ওইরকই। তৌই হৌরসুং হস্ত মৈথুন যাম্না তোইনা তোইনা তৌবনসু নুমিৎ খরনিগী মতুংদা বীর্য যাম্না থিনা হাংলক্তুনা অণ্ডকোষ মীনা ওইরকই, মসিসু নপুংসক্তাগী লক্ষন উংক্রনি। মিদা ওইবা নুপা হায়নদি নামদা ওইবা নুপা অসি মখল তরেৎ থোক্না থাইদোকই। ভাব প্রকাশদা মখল তরেৎ অসিগী মমিং (১) মানসিক ক্লীব হায়বদি পুক্নিং শোন্থবনা মরম ওইদুনা পোক্লকপা নপুংসক (মিংদা ওইবা নুপা) (২) পৈত্তিক ক্লীব, পিত্ত চাহোক্তুনা লাইনা লানবা মরম ওইদুনা পোক্লকপা নপুংসক (৩) শুক্রক্ষয় ক্লীব, বীর্য মাংবা নত্রগা পতলা ওইদুনা পোক্লকপা নপুংসক (৪) মেধ্র রোগ হায়বদি জনা ব্রিবা লিঙ্গদা লাইনা শক্তুনা পোক্লকপা নপুংসক। (৫) বীর্য বাহিনী শিরাচ্ছেদ জনা ক্লীবতা বীর্য চেনবা শিংলি নত্রগা বীর্য শুংবা শিংলি কক্তুনা পোক্লকপা নপুংসক। (৬) শুক্র স্তম্ভ জনা ক্লীবতা ব্রহ্মচর্য ওইনা লৈদুনা নত্রগা মৈথুন তৌবাতা তৌদবদগী পোক্লকপা নপুংসক (৭) সহজ ক্লীব জন্ম পোকপদগী নপুংসক ওইনা পোক্লকপা নপুংসক অসিনচিবনি।

লোইরবা

